# গীতিকামালা

( অহানবা শরুক )

শ্রীঅকোইজম ব্রজবিধু সিংহ

ওঃ কেঃ ষ্টোর
ইম্ফাল।

*Prescribed as a Text book for the High School Students.*

# গীতিকামালা

## ( অহানবা শরুক )

অইবা :—


শ্রীঅকোইজম ব্রজবিধু সিংহ, সঙ্গীত রত্ন

মিউজিক ইনষ্ট্রক্টর,

জোনষ্টোন হায় স্কুল, ইম্ফাল।



থংহনবা

ও: কে: ষ্টোর

ইম্ফাল।



সত্ত্ব পুম্নমক আইনগীনি ]


[ মমল লুপা ২.৫০

কোংবা

ওঃ কেঃ ষ্টোর

ইম্ফাল।


18747

অনিশুবা কোংবা, ১৯৬২ ইং।

কোপী—১,০০০

নম্ফম

বীণা প্রিন্টিং ৱার্কস

ইম্ফাল।

# কচ্চবা

ভাকপিবস্থু গুরুনি, ভখিবস্থু গুরুনি, জ্ঞানগী লমজিংবিবস্থু গুরুভনি। থোইদোক-হেন্দোকপা ভক্তি অমস্থুং নোল্লুকপগা লোয়ননা শিক্ষাগুরুগী চরন্দা, অসিগুম্বা "গীতিকামালা" লাইরিক মচা অসিবু ভক্তি ভাবকা লোয়ননা কচ্চরি।

ভক্তিগা লোয়ননা
সেবা তৌজরিবা
শ্রীব্রজবিধু সিংহ।

---

# ৱাহৌদোক

সঙ্গীত বিদ্যার্থীশিংগী তমখৎলকপদা খরদং খুদোংচানবা হায়ত্নুনা অরায়বা মওংদা "গীতিকামালা" হায়বা লাইরিক মচা অসি ঐহাক্না খর খঙজবমখৈ ইগালোন্দা ইজৈ। লাইরিক মচা অসিনা তম-খৎলকপা অঙাংশিংগী খজিক্তং কান্নবা ফংগনি হায়না আশা তৌজৈ।

চহি অনি-অহুমগী মমাংদগী হৌদুনা ঐহাক্না ঈশৈগী ক্লাস তৌখিবা অদুদা করি করি তম্বিখিবা হায়বা অদু নিংশিংনবা হায়দুনা মদু ইশিন্দুনা হেক হেক থমজিল্লি। মমৈথংদদি অসুম অসুম য়ামশিল্লকতুনা লাইরিক মচা অমা ওইনা পুথোকপগী আশা তৌই।

সন্ধ্যা অহুম্মক্তা নিংশিংনবগী মশক ওইরবা, ঐবু অহানবা সঙ্গীত শিক্ষা পীবিবা শ্রীহিজম পুস্নুমসিংহ ওস্তাদ, অনিশুবদা ঐগী মতমপুম্বদা নিংশিংনবগী মশক ওইবা স্বর্গীয় শ্রীমাইস্নাম ৺থম্বৌসিংহ ওস্তাদ অমসুং পূজ্যপাদ গুরুজী পণ্ডিত ওমকারনাথ ঠাকুরদগী গুরুকুলগী নিয়মদা ঐহাক্না খজিক্তং সঙ্গীত শিক্ষা ফংজরকপা অদু বিদ্যার্থীশিংগী মাংদা পুথোকপনা অচুম্বনি হায়না লৌজৈ। অদুগা লাইরিক মচা অসিসু অদুগুম্বা পূজ্যপাদ ওইরবা গুরুশিংগী জ্ঞানগী অমুভবনি।

মতমগী মতুংইন্না, অতোপ্পা বিষয় কয়াগীদি, শিক্ষা ফংবদা খুদোং চানবা হায়দুনা অফবা লাইরিক কয়ামুকসু পুথোক্লম্লে অদুগা সঙ্গীতকা মরী লৈনবা লাইরিক্তি ওসি ফাওবদা ইমালোন্দা কনা অমত্তনা পুথোকপিরকপা উজদবদগী লাইরিক মচা অসি ঐহাক্না

ইবা হৌজে। সঙ্গীত-কলাবু মুংশিবিবা ভদ্রলোক পূন্নমক্না ঐহাকী মোমজবগী অৱাববু খন্থবিরগা "গীতিকামালা" হায়বা লাইরিক মচা অসি লৌশিনবিয়ু হায়না থুং তন্না লোয়নতুনা সদস্য পূন্নমকী মফমদা হায়জরি।

প্রথম শিক্ষাগী তম্বা হৌবদা খুদোং চানবা হায়তুনা, মপুং ওইবা স্বর তরেৎমকপু শীজিন্নবগী মওং, স্বরগী অলঙ্কার খর, শাস্ত্রমূলক ওইবা সঙ্গীতকী খণ্ডবা য়াত্রবা সংজ্ঞা ( definition ) খর অমসুং তমখৎলকপা নহারোলশিংগী শকপদা য়াগত্রা কায়না খঞ্জবা অতুগুম্বা ঈশৈ মচা খর লেংজতুনা অহানবা শরুকী লাইরিক মচা অসি মপূং ফামবা হোৎনজে। মথংদা অনিশুবা শরুকী লাইরিক মচা অমসু ময়'মগী থৌজান্দগী পুথোক্নবা হোৎমজরি; মতুংসু লৌশিনবিরগা হোৎনজবগী মহৈ য়ান্নে হায়না আশা তৌজগনি।

করিগুম্বা শিক্ষাপ্রবীণ ওইবা ভদ্রলোকশিংনা লাইরিক মচা অসিগী মমুংদা অশোয়বা থেংনবিরবদি মতু চুমথোকপিরকপদা ঐনা মোমজবগী মহৈ য়ান্নে হায়না লৌজগনি অমসুং ধন্যবাদ তৌজগনি। (মুংশিবিদুনা চুমথোকপিরক্নবা হয়না হয়না হায়জরি)। ইতি—

ময়ামগী—

শ্রীব্রজবিধু সিংহ

সঙ্গীত অধ্যাপক,

জোনষ্টোন হায় স্কুল।

---

# লামায় তাকপা

## অহানবা পন্দুপ



## অনিশুবা পন্দুপ

বিষয় পাতায়

বিষয় পৃষ্ঠায়

# পরিশিষ্টাঙ্ক



---

# স্বরলিপিগী খুদম

১। মমাংঙৈদগী হৌদুনা চংনরক্লবা সপ্তক অহুমগী খুদম—

মন্দ্র :—সা. রি গ. ম প. ধ. নি.।

মধ্য :—সা রি গ ম প ধ নি।

তার :—সাʼ রিʼ গʼ মʼ পʼ ধʼ নিʼ।

২। স্বরগী মথাদা ‿ অসিগুম্বা খুদমগা লোয়ননা লৈরম্বা স্বর অদু "বিকৃত স্বর" নি হায়না খঙনগনি, মতুদি :—র গ ধ ম।

৩। স্বর অমমমনা মাত্রা অমমমনি হায়না লৌগনি। মতুগী মন্নুংদা স্বর অমদগী চেনবা স্বর মশীংনা পূম্না অমত্তা ওইনা পূনশিন্দুনা লৈরম্লবা অদু ওইরবদি পূম্নমক অদু মাত্রা অমগী মন্নুংদা হায়গনি, মতুদি—সর সরগ সরগম।

৪। মাত্রা তথাই অমা হৌখ্রগা হায়গদবা —, মতুদি :— —,স —,র —,গ —,ম অসিনচিংবা।

৫। কন্নিগুম্বা স্বরবু (স) অসুম্না লৈরম্লবদি— (স) =রসন.স, (র)=গরসর, (গ)=মগরগ অসুম্না খঙমগনি।

৬। সমি গপ অসিগী মন্নুংদা স্বরগী মথক্তা হাপ্লিবা খুদম অসি মীড়নি।

৭। গ প
ম, গ অসুম্না স্বর অমগী মথক্তা অমা লৈরম্লবদি মতুবু ভুবিকা (স্পর্শ স্বর) নি হায়মা খঙমগনি। মথকথংবা স্বর অদুদগী হায়রবা হৌগনি।

৮। র্ম অস্পুন্না মধ্যমগী মথক্তা লাইন মচা অমা য়ুংনা হাপ্পন্নবদি তিব্র মধ্যমনি হায়না খঙনগনি।

৯। স—ম— অস্পুন্না স্বরগী মরক্তা অংাংবা লৈয়ি য়াওরম্নবদি মাত্রা অমগী মতুং শিনবনি।

১০। + = সম অমসুং ১, ২, ৩ মশীংনা স্বরগী মথক্তা য়াও-রম্নবদি মপা অদুদা তাল পাগনি অংগা "0" খুদম অসি য়াওরম্নগা তাল থাৱোইদবা মফমনি। মদুবু খালী কৌই।

১১। সার্গম হায়বগী নিয়ম :—

সা, রি, গা, মা, পা, ধা, নি— অস্পুন্না চৈতপকা লোয়নবগা থোরকপা খোঙ্হোক অদুমক উচ্চারণ তৌগনি। লাইরিক মচা অসিদা য়াওরিবা সার্গম পূন্নমক অসিদদি স্বর-লিপিগী খুদোংচানবা হায়দুনা চৈতপ লোথোকই; মদু মথক্তা হায়খ্রিবা চৈতপ য়াওবা সার্গম অসিগুম্না উচ্চারণ তৌগনি।

---



## গীতম্ বাদ্য তথা নৃত্যম্ যতস্তালে প্রতিষ্ঠিতম্

১। **তাল**ঃ—পূং, ঈশৈ অমসুং জগোয়দা তাল হায়বা অসিদনা ফজহল্লি। তালগী বাহৈ কয়ামরুম—

২। **কাল**ঃ—পূং, ঈশৈ অমসুং জগোয়দা চংলিবা মতমবু কাল হায়না কৌই।

৩। **তাল**ঃ—পূং, ঈশৈ অমসুং জগোয়দা চংবা মতম অদুগী পাদম অদুবু তাল হায়না কৌই। তালদা (দস-প্রাণ) লৈ। অদুগুম্বা প্রাণ অদুবু তালগী অঙ্গ কৌই। মদুদি—কাল, মার্গ, ক্রিয়া, অঙ্গ, গ্রহ, জাতি, কলা, লয, যতি অমসুং প্রস্তাব অসিনি।

৪। **লয়**ঃ—পূং, ঈশৈ, জগোয়গী খোংচৎ অদুবু লয় কৌই। লয় হায়বা অসি মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি—বিলম্বিতলয়, মধ্যলয় অমসুং দ্রুতলয় অসিনি।

৫। **মাত্রা**ঃ—লয় অমসুং তালবু পাদম তৌনবা হোৎন-রিবা মওং অদুবু মাত্রা কৌই মাত্রা কয়ামুক্তা পূনশিল্লগা তাল অমা ওইরকই। মদুদি ঃ— মিনিট কয়ামরুম্না পূনশিল্লগা পুং অমা ওইবগুম্বনি।

৬। **আবর্ত্তন**ঃ—কম্বিগুম্বা তালদা য়াওরিবা মাত্রা পূম্নমক অমদি মপূংফাবা তালগী বাহৈ পূম্নমক অদুবু পুল্থিল্লগা আবর্ত্তন হায়না কৌই।

৭। **ঠেকা** :—করিগুম্বা তালগী আবর্ত্তন অমদা বাহৈ পূম্নমক (তালবাদ্যদা খোরক্লিবা খোম্হোক পূম্নমক) অদুবু ঠেকা কৌই।

৮। তালগী অহৌবা মাত্রা অদুবু সম কৌই।

৯। তাল থাদবা মাত্রা মফম অদুবু খালী কৌই।

১০। সম নত্তবা অতোপ্পা তাল থাবা মফম অদুবু তালী কৌই।

১১। **ঠেকেকী কিস্মে** :—ঠেকাগী মবোল অদুবু হোংদুনা হোংদুনা অতোপ্পা মওংদা য়ৈবা পূংলোন অদুবু "ঠেকেকী কিস্মে" কৌই।

১২। **তিহাই** :—করিগুম্বা তবলাগী মবোল অদুনা হপ্পিন-হপ্পিন অহুমলক হায়রগা সম য়োংকপা অদুবু তিহাই কৌই। তিহাই অসি জাৎ অনি শুই - মদুদি দমদার তিহাই, বেদম তিহাই। তিহাই মরক্তা পোত্থাবা অদুনা দমদার তিহাই কৌই অদুগা পোৎথাদবা অদুনা বেদম তিহাই কৌই।

১৩। **মুখরা** :—তবলাগী অদুগুম্বা বোল অদুনা ( মবোল অদুনা ) আবৃত্তি অমদি ফাদবা, অদুগা মদু য়ৈবা মতমদা সমদা তাবা অদুবু মুখরা কৌই। মসি "উঠান" গী অপিকপা মওংস্তু হায়নৈ।

১৪। **মোহরা** :—জায়বা অসিস্তু তবলাগী মবোল্নি। মসি মুখরাগুম্বা আবৃত্তি অমদি ফাদবা অদুগা অহুমলক হায়বা তিহাইনা লোইশিল্লক্লগা সমদা তাগদবনি মদুবু মোহরা কৌই।

১৫। **উঠান** :—মসিস্তু য়াম্না কুপ্পা অমস্তুং অকনবা ঠেকা হৌদ্রিবৈগী মমাংদা য়ৈনবা তবলাগী মবোল অমনি। মসি অয়াম্বদা কথক জগোইগী অহৌবদা মসি য়ৈরগা হৌনৈ।

১৬। **পেশকার:** মসি তবলাগী ফজবা অমসুং অরুবা মরোলদা ঠেকাগী চৎনবা তাল অদুগী মতুংইন্না য়ৈবা, মদু তারগা করম্বা লমগী ঃৎনবীনো (ধরাণা) হায়বা খণ্ডবা ওস্বা অদুবু পেশকার কৌই। মসি 'ধী-কড়াধনধা" হায়বা মরোল অসিনা হোই। মসিদা তবলাগী বোল য়াম্না য়াওই।

১৭। **কায়দা:**—কায়দা হায়বা অসিসু তবলাগী বোলনি। ঠেকাগী তাল পূম্নমক্কী মতুংইন্না আবর্ত্তন অমা অনি য়ৈবা তবলা সোলোগী অহোবদসু য়ৈনবা অদুগা ঠেকা ওস্থোক্লুনা বিস্তার তৌদুনা য়ৈবা, তবলা তমখৎলকপদা খুৎ শেংনবা শান্নবা অদুবু কায়দা কৌই।

১৮। **পল্টা:**—কায়দাগী মরোল অদুবু ওস্থোক-ওঙ্গিন উল্টাপল্টা তৌদুনা তৌদুনা য়েবা অদুবু পল্টা কৌই।

১৯। **টুকড়া:**—হায়বা অসি আবৃত্তি অমদগী হেন্দবা, মাগী মরোল অদু তাবদা মতুপ, মতুপ, ওইনা তাবা অদুবু কৌই। মসি তিহাইগা কোম্নবসু য়াওই, অদুগা সাদা ওইনসু মওং অনি-মক্তা লৈ। মসি মুম্না তারগা অচৌবা বোল অমগী শরুক অমগুম্না তৌই।

২০। **পরণ:**—মসি তবলাদা অকুপ্পা মরোলদা আবৃত্তি অনিদগী হেন্না শাংনা (খুৎ খুলাদা) য়ৈবা মওং অদুবুনি। পরণ হায়বা অসি মৃদঙ্গ পখবাজগী মরোলগুম্বনি, অদুনা মথলমথা অয়াম্বা লয়গী মওংদা য়ৈবনি।

২১। **রেলা** :—হায়বা অসিদনা দ্বৈগুণ, অটগুণ অমদি অদুদগীস্থ হেন্না থুনা বোল হোংদুনা তোংদুনা য়েন্নকপা অদুবুনি। কায়দা অমদি পল্টা অদুনস্থ পুশিন্দুনা মসিদা য়ৈ।

২২। **গত** :—টুকরা অমদি পরণগী মওংনি, মদুদা দ্বিগুণ, চতুর্গুণদা পুশিন্দুনা মখল মখা অয়াম্বা বোলগী মওংদা তোঙান তোঙানবা লয় অমস্তুং মাত্রা পুশিন্দুনা য়ৈবা অদুবুনি। তবলাগী মওংদা অহৈবগী অয়োবা খুৎলোন অদুগা তবলাগী অথোইবা কাব্যনি।

২৩। **চক্করদার** :—মসি বোল অমদি তিহাইনি। মসিদা পুরি পুরি মপুংফানা অহুমলক য়েন্নগা সমদা লোইশিনবা। চক্করদার বোল অমদি চক্করদার তিহাই অনিমক তবলাদা শীজিন্নবগী মওংনি।

২৪। **লগ্গী** :—মসি দাদরা অমস্তুং কহারবা অসিনচিংবদা দুগুণনচিংবা ফজবা মওংদা পুশিন্দুনা দ্রুত লয়দা মখল মখা অয়াম্বা রং অমস্তুং শাজৎকা লায়ননা য়ৈ। লগ্গী অসি শীজিন্নবদি ঠুমরি, ভজন অমস্তুং গজল অমদি আধুনিক ঈশৈদা শীজিন্নৈ। তবলা য়ৈবনা মদুদা মতম খর য়েন্নম্নগা অমুক হান্নগী ঠেকাদা হল্লিন্দুনা চৎলি। মসিনা মাগী মওংনি।

# গীতিকামালা

[ অহানবা শরুক ]

## অহানবা পন্দুপ

## সঙ্গীত

ঈশৈ, পূং অমস্তুং জগোই অহুম অসিনা পূল্লগা "সঙ্গীত" হায়না কৌই। জগোইনা পূংগী তুংইনবনি, পূংনা ঈশৈগী তুং ইনবনি মরম অসিনা ঈশৈনা (প্রধ'ন) মরু ওইবনি হায়না সঙ্গীত শাস্ত্রনা লেপ্লে। (সঙ্গীত রত্নাকর)

১। **জগোই**—( নৃত্য ) হায়বদি হকচাংগী শরুক খোং-খুৎ অমস্তুং মিংনা, ঈশৈগী ভাব, রসপু ফোংদোকপনি।

২। **বাদ্য**—হায়র্বদি পূংয়ৈবা, যন্ত্র খোংবা অসিনচিংবা পূম্নমক অসিনা ঈশৈ শকপগী মতেং পাংহ অমস্তুং ফজহল্লি।

৩। **গীত**—ঈশৈ হায়বা অসিমদি ঈশৈ শকপা তারবদি শক্লিবা ঈশৈ অদুগী ভাব উৎপা অমস্তুং ফজবা হেনগৎনবগীদমক "নৃত্য" অমস্তুং "বাদ্য" পূংয়ৈবা, যন্ত্র খোংবনচিংবা অসি চংই মরম অসিনা "গীত" ঈশৈ শকপা অসিনা প্রধান ওই, অতৈনা তুংইনবনি।

মথক্তা হায়খিবা বাহৈশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলে মতুদি "সঙ্গীত" হায়রগা ঈশৈ শকপদবু ওইরমদ্রে। "সঙ্গীত" হায়রবা বাহৈ অসিগী শাস্ত্রমূলক ওইবা সংজ্ঞাদি "গীত বাদ্যম্ তথা

নৃত্যম্ ত্রয়ম্ সঙ্গীতমুচ্যতে" হায়না লৈরম্মে। গীত হায়বা ৱাহৈ অসিদা, বাদ্যম হায়বা ৱাহৈ অসিনা মতুং ইল্লি অদুগা বাদ্যম হায়বা ৱাহৈ অসিদা নৃত্যম হায়বা অসিনা মতুং ইল্লি। অদুনা মীওইবগী হকচাংগা মদুগী তাম্নিবা মনি অদুগা থাদোক্কবা য়াদবগুম্না মথক্কী ৱাহৈ অহুম অসি অমগা অমগা খক থাদোক্লদে।

---

# নাদ

নকারং প্রাণনামানং দকারমনলং বিদুঃ।
জাতঃ প্রানাগ্নিসংযোগাত্তেন নাদোভিধীয়তে॥

"নাদ" হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থবু মথক্তা হায়খ্রিবা শ্লোক অসিনা ব্যাখ্যা তৌদুনা, করম তৌনা "নাদ" অসি থোকপগে হায়বা অদু তাক্লি। "নকার" হায়বা অসিনা প্রাণ বায়ুবু খঙবৈ, অদুগা "দকার" না মৈবু খঙবৈ। অদুনা নুংশিং অমসুং মৈগা তিন্নবদগী "নাদ" (মখোল) হায়বা অসি পোকই।

সঙ্গীত হায়বা অসি মখোন্দগী থোকপনি। মখোল অদু মীওইবনা তারগা পুক্লিংদা নুঙাইবা অপেনবা অমা পোকই মদুদগী সঙ্গীত অসি পোক্লকই। অদুগা নাকোংনা তাবদা নুঙাইতবা পোকপা অদুগুম্বা মখোল অদুদগী সঙ্গীতপু পোকহনবা য়াদে। অদুনদি সঙ্গীতকা মরী লৈনবা "নাদ" হায়বা অসিবু ঐখোয়না করি হায়না খঙবৈ, "ঈশৈদা" শীজিন্নবা য়াবা মতিক চাবা মখোল অদুবু "নাদ" হায়না কৌই।

"নাদ" হায়বা অসি মখল অনি শুই, মাদুদি—আহত নাদ অমসুং অনাহত নাদ। করিগুম্বা পোৎ অনি থেংনবা অমদি তক্লবদগী করিগুম্বা মখোল অমা পোরক্লুনা ইরায় লায়না নাকোংনা তাবা ফংবা মখোল অদুবু আহত নাদ হায়না কৌই। অদুগা মিং-নাকোং মেনশিল্লগা মখোল থোকই হায়না লৌবা অদুবুনা অনাহত নাদ হায়না কৌই। অসিগুম্বা অনাহত নাদ অসিদি মমাংঙৈগী মুনি-ঋষিশিংনা মুক্তি ফংই হায়দুনা তৌনরম্মি।

## "নাদ অচৌবা, মচা অমসুং জাৎ"

নাদ হায়বা অসি য়াম্না তপ্পা অমসুং হৌনা থোকহনবা য়াই। তপ্পা, য়াম্না নেম্না থোক্লকপা অদুনা নক্লরবতদা তাবা ফংই, অদুগা হৌনা, য়াম্না কন্না থোরকপা অদুনা লাপ্না তাবা ফংই।

নাদ হায়বা অসি মখল মখা অয়াম্বা মওংদগী থোরকপা য়াই, মদুবু ঐখোয়না তারগা করম্বা পোৎশক নক্লগা মীওইবগী কণ্ঠদগী থোকপরা হায়বা অসি খঙবা ঙমই। মদুদি করিগুম্বা পোৎ অনি গেংনবগী মখোল, করিগুম্বা যন্ত্র অমা খৎলগা থোরকপা মখোল, লেল্লগা থোরকপা মখোল, যৈদ্নগা থোরকপা মখোল, চিন্না কাম্লগা থোরকপা মখোল, মীনা শক্লগা থোরকপা মখোল অসি পূম্নমক অসি ঐখোয়না অমগা অমগা ইমান্-মান্নদনা তাবা ফংই। মসিবু নাদগী জাতি হায়না কৌই।

নাদ অসিনা করিগুম্বা নিয়ম অমগী মতুংইন্না হৌবা অসুম অসুম হেনগৎলকপা অদুগা নেমথরকপা অদুবু নাদগী অনেম্বা অমসুং অৱাংবা সঙ্গীতকী মতিক চাবা নাদনি হায়না লৌগনি।

# শ্রুতি

নিত্যং গীতোপযোগিত্বমভিজ্ঞেয়ত্বম প্যুত ।
লক্ষে প্রোক্তং সুপর্য্যাপ্তং সঙ্গীতশ্রুতিলক্ষণম্ ॥

—অভিনব রাগ মঞ্জরী ।

ষরিগুম্বা মখোলনা ঈশৈগীদমক্তদি মতিক চান্নবা অদুগা মখোল অদুনা অমগা অমগা মান্নদবা অমসুং খেন্নে হায়না খঙবা ঙম্বা অদুবু "শ্রুতি" হায়না কৌই। হাযখ্রিবা শ্রুতি অসি মমাংঙৈদগী হৌদুনা মখল কুন্নিগোই শুই হায়না লৌনৈ। মখোয় খুদিংমক অসি অহানবদগী অনিশুবনা রাংব', অনিশুবদগী অহুমশুবমা রাংবা, অহুমশুবদগী মরিশুবনা রাংবা অসুম্না মগং মগং রাংখৎলকপা অদুনা কুন্নিগোইশুবা ফাওবা রাংখৎলি, অদুনা অসুম অসুম রাংখৎলকপগী থাক খুদিংমকপু শ্রুতি অমমন্নি হায়না লৌই। শ্রুতি খুদিংমক অদুগী মমিং মখাদা উৎলি ; মদুদি ঃ—

১। তীব্রা ২। কুমুদ্বতী ৩। মন্দা ৪। ছন্দোবত ৫। দয়াবতী ৬। রঞ্জণী ৭। রক্তিকা ৮। রৌদ্রী ৯। ক্রোধী ১০। বজ্রিকা ১১। প্রসারিণী ১২। প্রীতি ১৩ ১৪। ক্ষিতী ১৫। রক্তা ১৬। সন্দীপিণী ১৭। আলাপিণী ১৮। মদন্তী ১৯। রোহিণী ২০। রম্যা ২১। উগ্রা ২২। ক্ষোভিণী হায়বা অসিনি।

---

# সপ্তক

মথক্তা হায়খ্রিবা শ্রুতি ময়াম অসিগী মনুংদগী মকোক ওইবা স্বর তরেৎখক অমুক খনগৎলগা ঈশৈ শকপদা শীজিন্নে, মদুবু সপ্তক হায়না কৌই। হায়খ্রিবা মুখ্য স্বর তরেৎ অদুগী মমিংদি ষড়জ, ঋষভ, গান্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত, নিষাদ হায়না কৌই। মসিবু শীজিন্নবা মতমদা অশন্বা মমিং উচ্চারণগীদমক সা, রে, গা, মা, পা, ধা, নি হায়না চৎনৈ অমসুং অমনা অমদগী মথং মথং অমুম ব্রাংখৎলি।

মৎক্তা হায়খ্রিবা স্বর তরেৎ অসি শ্রুতিশিংগী কয়ম কয়ম্বা মফমদা লৈবগে হায়বা অদু খঙহল্লি, মদুদি—

চতুশ্চতু শ্চতুশ্চৈব ষড়জমধ্যমপঞ্চমাঃ।

দ্বে দ্বে নিষাদগান্ধারৌ ত্রিস্ত্রীঋষভধৈবতো ॥

—রত্নাকর।

ষড়জ, মধ্যম অমসুং পঞ্চমদা শ্রুতি ৪।৪ লৈগনি। নিষাদ অমসুং গান্ধারদনা শ্রুতি ২।২ লৈ। অদুগা ঋষভ অমসুং ধৈবততনা শ্রুতি ৩।৩ লৈ। অদুনদি ঐখোয়না হৌজিক খঙবা ঙমলে মদুদি স্বর তরেৎমক অসি অমগা অমগা লাপ্পা ইমান মান্নদে। অদুনদি হৌজিক নক্সা অমা য়েক্লগা য়েংসি :—



মথক্তা উৎলিবা নক্সা অসিদা ঐখোযনা উবা ফংলে মদুদি শ্রুতি কুম্নিথোই অসি সপ্তক হায়গী মনুংদা শুনা য়াওই অমসুং সপ্তক অমদি, শ্রুতি কুম্নিথোইগী মনুংদা শুনা য়াওরে।

মথক্তা হাযখিবা সপ্তক অসি নত্তনা ঈশৈ শকপগী খুদোং চানবগী দমক ওন্নমক্তা পূর্ণসিল্লগা সপ্তক অহুম শুই হায়না থায়নগী লাইরিকশিংনা পুথোক্লম্মী, মদুদি—১। মন্দ্রসপ্তক ২। মধ্যসপ্তক অমসুং ৩। তারসপ্তক অহুম অসিনি।

সপ্তক অহুম অসিবু মখাদা উংলিবা খুদম অসি হাপ্তুনা মশক খেন্নহল্লি; মদুদি :—

মন্দ্রসপ্তক মধ্যসপ্তক তারসপ্তক

স় রে় গ় ম় প় ধ় নি় স রে গ ম প ধ নি সং রেং গং মং পং ধং নিং

মথক্তা উংলিবা সপ্তক অসিগী মনুংদা, ঈশৈ শকপা মতমদদি মধ্য সপ্তককী মনুংদগী হৌদুনা শকনে। মরমদি মন্দ্রসপ্তক্তা মধ্য-সপ্তক্কগী শক্লক অনি হেন্না নেমথৈ অমসুং তারসপ্তক্তা মধ্যসপ্তক্কগী শক্লক অনি হেন্ন বাংই; মরম অদুনা ময়াইদা লৈরগা অনেম্বা স্বরদা য়ামদ্রবদা মন্দ্রমধ্যম ফাওবা অদুগা অৱাংবদনা য়ামদ্রবদা তারমধ্যম ফাওবা ৱাংনা শকই।

---

# শুদ্ধস্বর, বিকৃতস্বর, অচলস্বর

মশাগী হান্নগী লৈবা মফমদগী থরা নেমগবা অমসুং থরা ৱাংখৎপা তৌবা স্বর অদুবু বিকৃতস্বর হায়না কৌই।

মশাগী হান্না লৈবা মফমদগী নেমগবা অমসুং ৱাংখৎপা তৌদবা স্বরশিং অদুবু অচলস্বর কৌই। মদুদি—সা অমসুং প হায়বা স্বর অনি অসিনি।

হিন্দুস্তাণী সঙ্গীত পদ্ধতিদা শীজিন্নরিবা স্বর তরেৎ অসিগী মনুংদা রে গ ম ধ নি হায়বা স্বর মঙা অসিগী বিকৃতস্বর অমমম লৈ, মসিগী মনুংদা রে গ ধ নি হাযবা স্বর মরি অসিগীনা নেমথনা অমসুং ম-দনা ৱাংখৎনা লৈ মদুবু মথাগী নক্সা অসিদা উৎতুনা খঙহল্লি, মদুদি ঃ—




মথক্তা উৎলিবা নক্সা অসিদা ঞখোয়না উবা যংলে মদুদি রে গ ধ নি হায়বা স্বর মরি অসিনা নেমথনা লৈ অমসুং মধ্যম স্বরনা ৱাংখৎনা লৈ, অদুনদি বিকৃতস্বর হায়বা অসি মথল অনি শুরে মদুদি ৱাংখৎনা লৈবা অমা অমসুং নেমথনা লৈবা অমা।

মশাগী লৈফমদগী নেমথনা লৈরম্বা স্বর অদুবু কোমল স্বর কৌই, মদুদি—রে কোমল, গ কোমল অসিনচিংবা।

মশাগী লৈফমদগী ৱাংখৎনা লৈরম্বা অদুবুনা তিব্রস্বর কৌই, মদুদি র্ম তিব্রমধ্যম অসিনি।

মথক্তা হায়খ্রিবা স্বর পূল্লমক অসিগী মনুংদা স অমসুং প হায়বা স্বর অসিদি নেমথবা অমসুং ৱাংখৎপা ইতৌ তৌদে মরম অসিনা স অমসুং প বু অচলস্বর (লেংদবা স্বর) হায়না কৌই।

হৌজিক্তি ঐখোয়না ঈশৈগীদমক শীজিন্নরিবা স্বর পূল্লমক হায়দুনা লোইখরে অদুগা সপ্তক কদায়বু কৌবগে হায়বসু তাকখরে, মদুগী মনুংদা শুদ্ধস্বর হায়বা অদু কদায়বু কৌবগে হায়বা য়েংসি। মদুদি সপ্তক অমগী মনুংদা হান্না য়াওরিবা স্বর, সা রে গা মা পা ধা নি অসিবু শুদ্ধস্বর কৌই।

মথক্তা ঐখোয়না হায়খ্রে মাদুদি সপ্তক্তা শুদ্ধ স্বর তরেৎ অমা, অদুগা বিকৃতস্বর মঙা অমা, অদুনা শুদ্ধ অমসুং বিকৃত পূন-শিল্লগা হায়বদি স্বর ৭+৫ পূল্লগা ১২ শুরে, হায়রিবা স্বর ১২ অসি উত্তর ভারতকী হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিনা শীজিন্নে।

## বিকৃতস্বরশিংগী লৈফম

মথক্তা উংখ্রিবা নক্সাশিংদা শুদ্ধ অমসুং বিকৃতস্বরগী লৈফমদি উৎখ্রে, হৌজিক মখোয় অমুনা কয়া য়াম্না কুমথনা অমসুং কাখৎনা লৈবগে হায়বা তাক্লি।

রে গ ধ নি হায়বা স্বর মরি অসিদি কুমথনা লৈবা স্বর ভাক্তেনি অদুনা রে কোমল অসি শুদ্ধ রে-দগী শ্রুতি অনি কুমথরগা লৈ।

গ কোমল না শুদ্ধ গ-দগী শ্রুতি অমা কুমথরগা লৈ।

ধ কোমলনা শুদ্ধ ধ-দগী শ্রুতি অনি কুমথরগা লৈ।

ন কোমলনা শুদ্ধ নি-দগী শ্রুতি অমা কুমথরগা লৈ।

তিব্র মধ্যমদি কাখৎনা লৈগদবনি. অদুনা শুদ্ধ মধ্যমদগী শ্রুতি অনি কাখৎলগা লৈ। তিব্র মধ্যম ( র্ম ) অসিবু কড়িমধ্যম হায়নসু কৌনৈ।

**হৃজিক অমুক্তা য়েংউ**—রে গা মা ধা নি হায়বা স্বর মঙা অসি ওন্নমক অনি থোকপ্রে. মতুদি—অমনা শুদ্ধ. অমনা বিকৃত। মখোয় অসি মমিং অমত্তুদগী লৈফম তিনদবনা মমিং খরা অমুক থেন্নহনখ্রে। অমনা অমদগী ব্রাংনা, অমনা অমদগী নেম্না লরে, অদুনা মখোয় অসি অমনা অমদগী কোমল, অমনা অমদগী তিব্র ওইরে হায়নসু লৌনৈ। মতুদি :—শুদ্ধ মধ্যমনা তিব্র মধ্যমদগী কুমথনা লৈ অদুনদি শুদ্ধ মধ্যম অসিবু "কোমল মধ্যম" হায়না কৌনবসু য়াওই, অসিগুমদুনা বিকৃত স্বর খুদিংমকপু অমনা কোমল অমসুং অমনা তিব্র হায়না কৌই হায়বদি শুদ্ধ গান্ধারনা কোমল গান্ধারদগী হেন্না ব্রাংবনা শুদ্ধ গান্ধার অসিবু তিব্র গান্ধার হায়না কৌবা তারে। হায়থিবা মওং অসি নিয়মগী মতুংইন্না ওইফম থোকই হায়বতনি পংনা চৎনদে। শুদ্ধ স্বর হায়না অদুম্মক থমনৈ।

## শ্রুতিগী মথক্তা শুদ্ধ অমসুং বিকৃতস্বরগী লৈফম

| শ্রুতি মশীং | শ্রুতি মমিং | শুদ্ধস্বর | বিকৃতস্বর |
|---|---|---|---|
| ১। | তিব্রা | (১ সা | |
| ২। | কুমুদ্বতী | | |

| শ্রুতি মশীং | শ্রুতি মমিং | শুদ্ধস্বর | বিকৃতস্বর |
|---|---|---|---|
| ৩। | মন্দা | | (২) র কোমল রি |
| ৪। | ছন্দোবতী | | |
| ৫। | দয়াবতী | (৩) রি শুদ্ধ | |
| ৬। | রঞ্জণী | | |
| ৭। | রক্তিকা | | (৪) গা কোমল |
| ৮। | রৌদ্রী | (৫) গ শুদ্ধ | |
| ৯। | ক্রোধী | | |
| ১০। | বজ্রিকা | (৬) মধ্যম | |
| ১১। | প্রসারিণী | | |
| ১২। | প্রীতি | | (৭) র্ম তিব্রমধ্যম |
| ১৩। | মার্জ্জণী | | |
| ১৪। | ক্ষিতী | (৮) প পঞ্চম | |
| ১৫। | রক্তা | | |
| ১৬। | সন্দিপিণী | | (৯) ধ কোমল ধ |
| ১৭। | অলাপিণী | | |
| ১৮। | মদন্তী | (১০) ধ শুদ্ধ | |
| ১৯। | রোহিণী | | |
| ২০। | রম্যা | | (১১) ন কোমল নি |
| ২১। | উগ্রা | (১২) নি শুদ্ধ | |
| ২২। | ক্ষোভিণী | | |

মথক্তা উৎলিবা নক্সা অসিদা শ্রুতি ২২গী মনুংদা করম্বা শ্রুতিগী মফমদা করম্বা স্বর লৈবগে হায়বা উৎলি।

# গ্রাম

সঙ্গীতকী মরমদা পুক্লিং চংলুবা মী খুদিংমক্না "গ্রাম" হায়বা বাহৈ (শব্দ) অসি তারম্লগনি, অদু ওইরবস্ত্ত করিবু "গ্রাম" কৌবগে হায়বা অদু হায়গে—মদুদি "গ্রাম" হায়বদি খুঙ্গংবু গ্রাম কৌই। ঈশৈগী মরমদদি শুদ্ধস্বর তরেৎ অমস্তুং শ্রুতি কুন্নিগোই য়াওবা অদুগুম্বা অপূনবা স্বর পূন্নমক অদুবু "গ্রাম" কৌই। গ্রাম হায়বা অসি মখল অহুম শুই, মদুদি :—

১। ষড়জ গ্রাম, ২। মধ্যম গ্রাম, ৩। গান্ধার গ্রাম অসিনি। মসিগী মনুংদা গান্ধার গ্রাম হায়বা অসি মমাংঙৈ য়াম্না কুইরবদা চংনরম্বনি, হৌজিক্কি মদু পূম্বাঙ মাঙখ্রে। মধ্যম গ্রাম অসি হৌজিক খর খর চংনরি অদু ওইরবস্তু খরদং ওইনা শীজিন্নবনি অদুনা মসিস্তু লুপ্ত ওইখ্রে। ষড়জ গ্রাম হায়বদি হৌজিক মতমদা চংনরিবা শুদ্ধস্বর সপ্তক অসিবু কৌই। মসিগী মনুংদা ষড়জ অমস্তুং মধ্যম গ্রামনা হৌজিক চংনরি অদুগা গান্ধার গ্রামদি চংমদ্রে।

মখাগী নক্সাদা গ্রাম পূন্নমকপু করম্না শেম্বগে হায়বা অদু উৎলি।

১। স
র
গ
ম
প
ধ
ন
২। স
র
গ
ম
প
ধ
ন
৩। স
র
গ
ম
প
ধ
ন
৪। স
র
গ

[১] ষড়্জ গ্রাম

স
র
গ
ম
প
ধ
ন
স

[২] মধ্যম গ্রাম

স
র
গ
ম
প
ধ
ন

[৩] গান্ধার গ্রাম

স
র
গ
ম
প
ধ
ন
স

কনা কনাগুম্বনা সপ্তক অহুম্মকপু গ্রাম অহুম্মক্তি হায়রম্মু হায়নৈ। থায়নগী লাইরিকশিংগী মত্তুতি মথক্তা উৎলিবা নক্সা অসিনি।

## শ্রুতি ২২গী মনুংদা লৈবা গ্রাম

| শ্রুতি মশীং | শ্রুতি মমিং | ষরজগ্রাম | মধ্যমগ্রাম | গান্ধারগ্রাম |
|---|---|---|---|---|
| ১ | তিব্রা | | | |
| ২ | কুমুদ্বতী | | | |
| ৩ | মন্দা | | | |
| ৪ | ছন্দোবতী | ষরজ | ষরজ | ষরজ |
| ৫ | দয়াবতী | | | |
| ৬ | রঞ্জণী | | | রিষভ |
| ৭ | রক্তিকা | রিষভ | রিষভ | |
| ৮ | রৌদ্রী | | | |
| ৯ | ক্রোধী | গান্ধার | গান্ধার | |
| ১০ | বজ্রিকা | | | গান্ধার |
| ১১ | প্রসারিণী | | | |
| ১২ | প্রীতি | | | |
| ১৩ | মার্জ্জণী | মধ্যম | মধ্যম | মধ্যম |
| ১৪ | ক্ষিতি | | | |

| শ্রুতি মশীং | শ্রুতি মমিং | ষরজগ্রাম | মধ্যমগ্রাম | গান্ধারগ্রাম |
|---|---|---|---|---|
| ১৫ | রিক্তা | | | |
| ১৬ | সন্দোপিণী | | পঞ্চম | পঞ্চম |
| ১৭ | অলাপিণী | পঞ্চম | | |
| ১৮ | মন্দতী | | | |
| ১৯ | রোহিণী | | | ধৈবত |
| ২০ | রম্যা | ধৈবত | ধৈবত | |
| ২১ | উগ্রা | | | |
| ২২ | ক্ষোভিণী | নিষাদ | নিষাদ | |
| ১ | তিব্রা | | | নিষাদ |

মথক্তা উংখ্রিবা নক্সা অসিনা মমাংলৈগী লাইরিক লেংবশিংনা তাক্লম্বনি। হুজিক চংনরিবা স্বর ১২ গী মতুং ইনবদদি ওইদ্রে, মরম অসিনা হুজিক মতমদদি অয়েম্বদা তারে, অদুনা হুজিক চংনরিবা গ্রামদি মথাদা উংলি—

বিলাবল থাট

| স । র | গ | ম | প | ধ | ন | ষরজগ্রাম

ভৈরবী থাট স | র | গ । ম | প | ধ | ন | গান্ধার গ্রাম

কল্যান থাট | স | র | গ | ম | প | ধ | ন | মধ্যম গ্রাম

মথক্তা উংলিবা গ্রাম অহুম্মক্কী নক্সা অসিগী অহানবদা হারমনিয়মগী পর্দ্দাদা পুোকতুনা উংলগা তশেংনা খঙবা ঙমগনি। অহানবগী শুদ্ধ থাট অসিবুনা বিলাবল থাট ইরে, অনিশুবা গ্রামনা শ্রুতি হোংলকপগী মতুং ইন্দুনা ভৈরবী থাট ওইরে, অদুগা অহুমশুবা গ্রামনা কল্যান থাট ওইরে। থাটকী মওং কয়ম্না ওইবা হায়বদুদি মথাদা উবা ফংগনি।

# মুর্চ্ছনা

ক্রমাৎস্বরানাম সপ্তানামারোহশ্চাবরোহণ।
মূর্চ্ছনেত্যুচ্যতে গ্রামত্রয়ে তাঃ সপ্তসপ্ত চ॥

—সঙ্গীত দর্পন।

স্বর তরেৎপু মথং মনাও নাইনা অস্থুম অস্থম য়াংখৎপা অমস্তং নেমথববু মুর্চ্ছনা কৌই। গ্রাম অমমমদা মুর্চ্ছনা ৭—৭ লৈগনি, মরম অহুনা গ্রাম অহুমদদি ৩×৭=২১ লৈগনি। মুর্চ্ছনাগী মওং মখাদা উৎলি।

| নং | আরোহ | অবরোহ |
|---|---|---|
| ১। | স র গ ম প ধ ন | ন ধ প ম গ র স |
| ২। | ন় স র গ ম প ধ | ধ প ম গ র স ন় |
| ৩। | ধ় ন় স র গ ম প | প ম গ র স ন় ধ় |
| ৪। | প় ধ় ন় স র গ ম | ম গ র স ন় ধ় প় |
| ৫। | ম় প় ধ় ন় স র গ | গ র স ন় ধ় প় ম় |
| ৬। | গ় ম় প় ধ ন় স র | র স ন় ধ় প় ম গ় |
| ৭। | র় গ় ম় প় ধ় ন় স | স ন় ধ় প় ম় গ় র় |

মথক্তা উৎলিব মুর্চ্ছনা অসিনা ষরজ গ্রামগী মুর্চ্ছনানি। অস্থুম তৌহুনা গ্রাম খুদিংমক্কী মুর্চ্ছনা পুথোকই। মসি মমাংঙৈদা চৎনরম্বা মওংনি, হুজিক্তি মহু নগ্রে। করিগুম্বা স্বর অমদা অতোপ্পা স্বর য়াওশিল্লকপা অহুবু মুর্চ্ছনা কোই হায়।

## আরোহ অমসুং অবরোহ

স্বরনা মথং মথং অসুম রাংখৎপবু আরোহ অমসুং অসুম অসুম নেমথরকপবু অবরোহ কৌই।




---

## সপ্ত স্বর শীজিন্নবা তম্বা

### পাল্লা ১বা

| | |
|---|---|
| স | ম |
| স র স | ম গ ম |
| স র গ র স | ম গ র গ ম |
| স র গ ম গ র স | ম গ র স র গ ম |

**তাকপা**—মথক্কী চক্র অসিদা র য়াওরিবা অসি রে হায়না উচ্চারণ তৌগনি।

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | | ম | |
| স | র | স | | ম | গ | ম |
| র | গ | র | | গ | র | গ |
| গ | ম | গ | | র | স | র |

---

## পাল্টা ২শুবা

স র গ ম———ম গ র স

স—র গ ম———ম—গ র স

স র—গ ম———ম গ - র স

স র গ—ম———ম গ র—স

স র গ ম—— —ম গ র স

স র গ ম———ম গ র স

× র গ ম———× গ র স

স × গ ম———ম × র স

স র × ম———ম গ × স

স র গ ×———ম গ র ×

স র গ ম—— ——ম গ র স

---

## পাল্টা ওস্তাদা

(১)

| | |
|---|---|
| প | র্স |
| প ধ প | র্স ন র্স |
| প ধ ন ধ প | র্স ন ধ ন র্স |
| প ধ ন র্স ন ধ প | র্স ন ধ প ধ ন র্স |

(২)

| | |
|---|---|
| প | র্স |
| প ধ প | র্স ন র্স |
| ধ ন ধ | ন ধ ন |
| ন র্স ন | ধ প ধ |

(৩)

স র
র স
র গ
গ র
গ ম
ম গ
ম প
প ম
প ধ
ধ প

ধ ন

ন ধ

ন র্স

র্স ন

র্স র্ব

র্ব র্স

---

**পাল্টা ৪শুদ্ধ**

(১)

| | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| × | প | ধ | ন | র্স | | র্স | ন | ধ | প | × |
| প | × | ধ | ন | র্স | | র্স | × | ন | ধ | প |
| প | ধ | × | ন | র্স | | র্স | ন | × | ধ | প |
| প | ধ | ন | × | র্স | | র্স | ন | ধ | × | প |
| প | ধ | ন | র্স | × | | র্স | ন | ধ | প | × |

(২)

র্স ন

ন র্স

ন ধ

ধ ন

ধ প

প ধ
প ম
ম প
ম গ
গ ম
গ র
র গ
র স
স র
স ন়
ন় স

( ৩ )

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| প | ধ | ন | স̇ | স̇ | ন | ধ | প |
| প | ধ | ন | স̇ | স̇ | ন | ধ | প |
| × | ধ | ন | স | × | ন | ধ | প |
| প | × | ন | স̇ | স̇ | × | ধ | প |
| প | ধ | × | স̇ | স̇ | ন | × | প |
| প | ধ | ন | × | স̇ | ন | ধ | × |

## পান্না ঞ্জুবা

### (১)

স র গ ম প ধ ন স—স ন ধ প ম গ র স।

সস রর গগ মম পপ ধধ নন সস

সস নন ধধ পপ মম গগ রর সস।

সসসররর গগগ মমম পপপ ধধধ ননন সসস

সসস ননন ধধধ পপপ মমম গগগ ররর সসস

### (২)

সর রগ গম মপ পধ ধন নস—সন নধ ধপ পম মগ গর রস

| | | | |
|---|---|---|---|
| স র স | স ন স | সস রর সস | সস নন সস |
| র গ র | ন ধ ন | রর গগ রর | নন ধধ নন |
| গ ম গ | ধ প ধ | গগ মম গগ | ধধ পপ ধধ |
| ম প ম | প ম প | মম পপ মম | পপ মম পপ |
| প ধ প | ম গ ম | পপ ধধ পপ | মম গগ মম |
| ধ ন ধ | গ র গ | ধধ নন ধধ | গগ রর গগ |
| ন স ন | র স র | নন সস নন | রর সস রর |
| স র স | স ন্ স | সস রর সস | সস ন্ন্ সস |

### (৩)

| | | | |
|---|---|---|---|
| স র গ | স ন ধ | স র গ ম | স ন ধ প |
| র গ ম | ন ধ প | র গ ম প | ন ধ প ম |

| | | | | | | | | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| গ | ম | প | | ধ | প | ম | | গ | ম | প | ধ | | ধ | প | ম | গ |
| ম | প | ধ | | প | ম | গ | | ম | প | ধ | ন | | প | ম | গ | ঋ |
| প | ধ | ন | | ম | গ | ঋ | | প | ধ | ন | স̇ | | ম | গ | ঋ | স |
| ধ | ন | স̇ | | গ | ঋ | স | | | | | | | | | | |

(৪)

সগ ঋম গপ মধ পন ধস̇

স̇ধ নপ ধম পগ মঋ গস।

(৫)

সমগগ রঋমম গগপপ মমধধ পপনন ধধস̇স̇

স̇স̇ধধ ননপপ ধধমম পপগগ মমঋঋ গগসস।

(৬)

ন্‌স গঋ মগ পম ধপ নধ স̇ন ঋ̇স̇

নস̇ ধন পধ মপ গম ঋগ সঋ ন্‌স।

---

## পাল্লা ওশুবা

(১)

সম ঋপ গধ মন পস̇

স̇প নম ধগ পঋ মস।

( ২ )

সসমম ররপপ গগধধ মমনন পপসস
সসপপ ননমম ধধগগ পপরর মমসস।

( ৩ )

সপ রধ গন মস————সম নগ ধর পস।

---

## পাল্লা ৭শুবা

( ১ )

সর সরগ
রগ রগম
গম গমপ
মপ মপধ
পধ পধন
ধন ধনস

নস নধপ
ধন ধপম
পধ পমগ
মপ মগর
গম গরস।
রগ রসন

( ২ )

স র গ ম প ধ ন স ন ধ প ম গ র স
স র গ ম প ধ ন ধ প ম গ র স
স র গ ম প ধ প ম গ র স
স র গ ম প ম গ র স
স র গ ম গ র স
স র গ র স
স র স
স

স ঋ স

স ঋ গ ঋ স

স ঋ গ ম গ ঋ স

স ঋ গ ম প ম গ ঋ স

স ঋ গ ম প ধ প ম গ ঋ স

স ঋ গ ম প ধ ন ধ প ম গ ঋ স

স ঋ গ ম প ধ ন স̇ ন ধ প ম গ ঋ স

---

## ( তালীম ) শুদ্ধ অমস্থং বিকৃত স্বরগী ১বা মওং
## শুদ্ধ স্বর

### পাল্মা ৮,শুবা

( ১ )

স—গ— ঋ—স— স--ঋ— স— — —

গ—ম— গ— — — ম—প— ম—গ—

ম—ঋ— স— — — ।

( ২ )

স—ঋ— স— — — গ—ম— ঋ-স—

গ—ম— ধ—প— ধ—ম— গ—ম—

ঋ— — — স— — — ।

( ৩ )

স—ঋ— স— — — গ—ঋ— স— — —

ঋ—স— ন্‌—ধ্‌— ন্‌—ধ্‌— প্‌— — —

| | | | |
|---|---|---|---|
| প্—ন্— | ধ্—ন্— | স— — — | র—স— |
| গ—ম— | ধ—প— | ম—গ— | ম—র— |
| গ—ম— | প--ম— | গ—ম— | র-স—। |

(৪)

| | | | |
|---|---|---|---|
| স—র—স | স র গ ম | র—স— | স র গ ম |
| প ম গ ম | র র স— | স র গ ম | ধ প ধ ম |
| গ প ম— | গ ম র স | স র গ ম | ধ—ন ধ |
| প ধ ম গ | ম গ র স | স র গ ম | প ধ ন সঁ |
| সঁ ন ধ প | ম গ র স। | | |

(৫)

| | | | |
|---|---|---|---|
| স র গ ম | র গ ম প | গ ম ধ প | ন ধ ন স |
| গঁ রঁ সঁ ন | ধ ন ধ প | ধ ম গ প | ম গ র স |

(৬)

| | | | |
|---|---|---|---|
| স স গ ম | র—গ প | ন ধ ন সঁ | সঁ—রঁ সঁ |
| সঁ রঁ গঁ রঁ | স—রঁ সঁ | —ন ধ প | ম গ র স। |

(৭)

| | | | |
|---|---|---|---|
| প প ধ ন | সঁ—রঁ সঁ | সঁ রঁ গঁ মঁ | রঁ রঁ সঁ— |
| সঁ রঁ গঁ মঁ | পঁ গঁ মঁ রঁ | সঁ রঁ সঁ— | ধ ন সঁ— |
| গঁ রঁ সঁ ন | ধ প সঁ ন | ধ প ম গ | ম গ র স। |

## র্ম তিব্রমধ্যম য়াওবা
### পান্না ঌশুবা

(১)

| | | | |
|---|---|---|---|
| গ—র— | ন্ র স— | ন্ র গ র | স ন্ র স |
| ন্ র গ র | গ——— | প—র্ম— | গ——— |
| র—গ— | প——ব | গ— র— | ন্—র স। |

(২)

| | | | |
|---|---|---|---|
| স র গ র | গ——— | র—গ— | প—র্ম গ |
| ধ প র্ম গ | র গ র্ম প | র্ম—গ— | ন ধ প র্ম |
| ধ প র্ম গ | র—গ— | প—র গ | ন্ র স—। |

(৩)

| | | | |
|---|---|---|---|
| ন—ন্ ধ্ | প্——— | ধ্ প্ ধ্— | স——— |
| ন্—র— | গ—র— | প র্ম গ র | ন ধ প র্ম |
| গ র গ— | র গ র | ন্ র স— | ————। |

(৪)

| | | | |
|---|---|---|---|
| ন্ র গ র্ম | প র্ম গ র্ম | প ন ধ ন | ধ প র্ম প |
| র্স—ন ধ | প——— | র্ম প ধ ন | প ধ র্ম প |
| গ র্ম প র্ম | গ—র— | প র— | ন র স—। |

(৫)

| | | | |
|---|---|---|---|
| গ গ প ধ | প—র্স— | ন—র্র র্স | ন র্র র্গ র্র |
| র্স র্ন র্র র্স | ন র্র র্গ র্ম | র্প র্ম র্গ র্র | ন—র স |

গ ঋ স ন    ধ প ন ধ    প ধ র্ম প    র্ম—গ—
ঋ গ র্ম প    ম গ ঋ গ    প—ঋ গ    স ন্ ঋ স।

## (ন্ বিকৃত) অবরোহণ
### পাল্লা ১০শুবা

(১)

ন্ স গ—    ম প গ—    ম—ন্ ধ    গ ম প ধ
গ ম গ—    গ ম প ধ    সঁ ন্ ধ প    ম গ ঋ স

(২)

ন্ স গ ম    প—গ ম    ন ধ ম প    ধ—ম গ
গ ম ধ প    সঁ ন্ ধ প    ধ ন্ ধ প    ম গ ঋ স।

(৩)

ন্ স গ—    ম গ ঋ স    গ ম প ম    গ—ঋ স
গ ম ন্ ধ    সঁ ন্ ধ প    ধ সঁ ন ধ    প গ ম—
গ ঋ স—।    ন্ স গ ম    গ ঋ স—    প গ ম প
ম গ ঋ স    গ ম প ন    স ন্ ধ প    গ ম ন্ ধ
প ধ স ন্    ধ স ন্ ধ    ম প ধ ম    গ—প গ
ম গ ঋ স।

(৪)

গ ম ধ—    ন্ ধ স—    ম স ন্ ধ    ঋ স ন ধ
গ র্ম গ ঋ    স—ন্ ধ    ম ধ ন স    ন্ ধ স ন্
ধ—ম প    ধ—ম গ    প—গ ম    গ ঋ স—।

( ৫ )

গ ম ধ ন    স'—ন স'    ন ন স' স'    র' স' ন, ধ
গ' ম' প'—    ম' গ' র' স'    ন' স' র' স'    ন স' ন̲ ধ
স' ন্ ধ—    গ ম প ধ    ম গ র স।

---

## পান্না ১১শুব্বা
## ( র̲ ধ̲ বিকৃত ) ২শুবা মওং

( ১ )

স—র̲—    স—ন্ স    ধ̲— — —    ম্ ধ্̲ প—
ম্ প ধ—    ন্—স—    গ—র̲—    গ ম প ম
গ—র̲—    গ র̲ স—    গ ম প    ধ̲—প—

( ২ )

স—র̲ স    গ—ম—    র̲—স—    গ ম ধ̲ প
ম গ র̲ স    ন্ স গ ম    ধ̲—প—    ম—গ—
র̲—প—    ম গ র̲ স    গ—ম প    ধ̲—প—।

( ৩ )

স গ ম প    র̲ গ ম প    গ ম ধ̲ প    ম—ধ̲ প
ধ̲—স'—    ম ধ̲ প—    ম প গ ম    র̲ গ ম প
ম গ র̲ স    গ—ম প    ধ̲—প।

(৪)

| | | | |
|---|---|---|---|
| প প ধ প | ন ন স'— | ধ ন স' ঋ' | স' স'— |
| গ' ম' প' গ' | ম' গ' ঋ' স' | স' ঋ' ন স | ধ—স'— |
| ন ধ ম প | ম গ ঋ স | গ—ম প | ধ প—। |

---

## পাল্লা ১২শুদ্ধা
## ঋ র্ম ধ বিকৃত ( গ নি, পুর্ব্বী )

(১)

| | | | |
|---|---|---|---|
| গ—ঋ স | ন. ন. স— | ঋ গ ম গ | প র্ম গ— |
| ম গ— | ঋ—গ— | র্ম গ ঋ স | ন. স ঋ গ |
| ন. ন. স ঋ | গ ঋ গ— | ম—গ— | প র্ম গ— |
| প ধ র্ম প | গ ম গ— | ঋ—গ— | ম—গ— |
| ঋ—স— | ন. ন. স ঋ | গ — — — | — — — —। |

(২)

| | | | |
|---|---|---|---|
| ন.—ঋ— | ন. ধ | ন. ধ. প.— | ধ.—ন. ধ. |
| ন.—স— | ন. ঋ গ— | র্ম—গ— | প ধ র্ম প |
| গ—ম গ | ধ প ম প | ম—ঋ— | গ— — — |
| র্ম গ ধ র্ম | গ—র্ম গ | ঋ গ ঋ স | ন. স ঋ গ। |

(৩)

| | | | |
|---|---|---|---|
| র্ম গ র্ম ধ | র্ম—স'— | ন—ঋ' স' | গ' ঋ' স' |
| ন ঋ' গ' ম' | গ' ঋ' স' — | গ' ঋ' স' ঋ' | ন ধ ন. স |

ধ ন ধ প    র্ম গ গ গ    ন. স র গ    ম—গ—
ধ র্ম গ র্ম    গ র প -    ন. স র গ    - - - -।

---

## পাল্টা ১৩শুবা

### র. র্ম বিকৃত (রধ মারন্না)

(১)

গ র স ন.    র—গ র    ন. ধ. র্ম. ধ    স— — —
গ র গ র    র্ম গ র—    ধ র্ম গ র    র্ম গ র স
ন. র গ র্ম    ধ ন ধ র্ম    ধ র্ম গ র    গ র স—
ন. র গ র্ম    ধ ন র ন    ধ র্ম গ র    গ র স—

(২)

র্ম গ র্ম ধ    র্ম—স—    ন—র র    ন র ন ধ
র ন ধ ন    ধ র্ম ধ র্ম    গ র গ র্ম    গ র স—

---

## শুদ্ধ অমসুং বিকৃত স্বরগী ৩শুবা মওং

## পাল্টা ১৪শুবা

### গ ন বিকৃত

(১)

স. স. ভি র    গ ম প—    ম প ধ ম    প—গ র
ধ. নি. ধ. ম    ন ধ দ্র. স    ন ধ ম প    ধ ম গ র

ন্‌. স গ ব   ম—গ ব   ধ গ ম প   ধ ম গ ব
ব ম প ধ   ন ধ র্স ন   ধ প ধ ম   প – গ ব
ব গ. ব ম   গ ব ন. স ।

( ২ )

ন. স ব ম   প ধ ম প   গ—ব—   র্স র্ব র্স ন
ধ—ম—   র্স ন ধ ন   ধ—প—   ধ—ম—
গ—ব—   গ গ ম স   ন. স ম—   গ – স ব
প—প—।

( ৩ )

ম প ধ ম   প ধ ন র্স   ন—ন র্স   ন স ন ধ
র্ব ন র্স র্ব   ন র্স ন ধ   র্স ন ধ—   ম — প ধ
গ-- ব—   ব গ ব ম   গ ব ন. স   ব ম. প. র্স
ন ধ গ ব   ব প ম প   গ গ ব স   ন. স ব. ব.
গ গ স ব   প———।

---

## পান্না ১৫শুল্লা

## গ-ধ-ন বিকৃত

( ১ )

ম প ধ র্স   ন ধ প -   ম–,প,প   ধ—প—
ন—ধ,প.   ধ—ম,প   গ ব স -   ব ম প. প.
ন. ধ প— ।

(২)

স র ম প  ধ—ম প  ধ—গ র  স———
র ম প ন  ধ প ম প  সˊ ন ধ প  ধ ম প ধ
গ– র স  র ম প সˊ  ন ধ র—।

(৩)

স—র স  ন.—ধ. প  প—ন. ধ.  ম. প. ধ. স
র—স—  র ম প ধ  গ – র স  র ম প প
ন—ধ প—  গ র স ম  গ র স—  র ম প ধ
গ—র স  র ম প ধ  ন ধ সˊ ন  ধ প ধ ম
প ধ গ র  স র ম প  ন ধ প—।

(৪)

ম ম প ধ  সˊ—সˊ—  ধ ধ সˊ রˊ  সˊ ন ধ প
প গˊ রˊ সˊ  রˊ সˊ ধ প  সˊ রˊ মˊ গ  রˊ সˊ ন সˊ
সˊ ধ প –  রˊ সˊ ধ প  ম প ন ধ  প গ র স
র ম প—  ন ধ প—।

---

## পাল্লা ১৬শুবা

## র গ ন ধ বিকৃত

(১)

স র গ ম  গ র স র  ধ. ন. স—  ম গ র স
স—স—  ধ. ন. স—  র ন. স–  ধ. ন. স—
প ধ ম প  গ— র স  স র ম—  গ র স—।

(২)

ন. স ধ. ন.   স – ন. ধ.   প. – – –   ধ. ন. স—
স ঋ গ ম   প ধ ম প   ধ — ম প   গ — ঋ স।

(৩)

স ঋ স —   স ঋ গ ম   গ ঋ স —   গ ম প—
গ ঋ স —   গ ম প ম   গ ঋ স —   ঋ গ ম প
ধ — প ধ   ম প ম গ   ম গ ঋ স।

(৪)

স ঋ গ ঋ   স ঋ ন. স   গ ম প ধ   ম প—
ম প ধ প   ন ধ প ধ   ম প ধ ম   প—ম গ
—প ম গ   ম গ ঋ স   স ঋ গ ম   প ধ ন র্স
ন ধ প ম   গ ঋ স—।

(৫)

ম প ন ধ   ন—র্স —   ন র্স র্ঋ র্স   ন—র্স –
র্ঋ র্স ধ প   র্স ন ধ প   র্স ধ প ধ   ম প গ—
ম গ ঋ স।

---

## পাল্লা ১৭শুবা

## ঋ গ র্ম ধ বিকৃত

(১)

ন. স ঋ গ   ঋ গ ঋ স   ন. স ঋ—   ন.—ধ.—
র্ম. ধ. ন. স   ঋ গ ঋ স।

ন. স র—   গ— — —   ম গ র্ম—   ধ—র্ম গ
র্ম ধ ন ধ   র্ম গ ধ ম   গ র গ—   র গ র স।

(২)

ন. স র—   ন. ধ. প.—   র্ম. প. ধ. ন.   স র স—
র—গ —   র্ম প— —   র্ম প ধ র্ম   ধ ন ধ প
র্ম প ধ প   র্ম—গ—   র্মপ ধ র্ম প   র্ম গ র স।

(৩)

ন. স গ র্ম   ধ—ন স'   ধ ম স' —   র' স' গ' র'
স' র' ন—   র' গ' র' স'   র' ন ধ —   ন ধ প—
র্ম ধ ন স'   র. গ' র' স'   ন ধ ন ধ   প— — —
র্ম প ধ ন   ধ র্ম প গ   র্ম ধ র্ম প   র্ম গ র স।

(৪)

র্ম গ র্ম ধ   স'—স'—   স' – র স'   র' গ' র' স'
র্ম' গ' র' স'   র' ন ধ—   র্ম ধ ন ধ   প র্ম প ধ
র্ম—গ —   গ'—র' স'   ন স' র'—   ন ধ ন ধ
প— ——   র্ম ধ ন ধ   র্ম প ধ প   র্ম গ র গ
র্ম গ র স   ন' র স—।

---

## অনিশুবা পন্দুপ

# থাট

থাট হায়বা অসি রাগ শেম্নবগী মরুওইবা স্বর কাংলুপ খরনি। থাট শেম্বা অদুগা রাগ শেম্বা অসি মরী য়াম্না নাইমক। রাগ খুদিংমক অসি করিগুম্বা নিয়ম অমগী মখা পোনবা স্বর সপ্তক অমদগী পুথোকপনি, মরমদি রাগ খুদিংমক অসিবু ঐখোয়না শকপা মতমদা শুদ্ধ অমসুং বিকৃত স্বর কয়ামুক শীজিন্নৈ, মদুনা মশক ওইদুনা করিগুম্বা থাট অমা নত্রগা অমা ওইগনি হায়বা অসি উংলি; মরম অসিদগী করিগুম্বা, রাগ পুথোকুব: তঙাইফদবা স্বর রচনা (সপ্তক) শেম্লিবা অদুবু থাটনি হায়না খঙনগনি। অসুম তৌরগা থাট অমদগী রাগ কয়ামুক পুথোকই। থাট হায়বা বাহৈ অসিবু লাইরিক্তদি মেল হায়নসু কৌই।

নাদদগী স্বর, স্বরদগী সপ্তক অমসুং সপ্তক্তগী থাট অমদি মেল হায়বসি ওইরকই। থাটকী মওংবু লাইরিক্তগী, মখাদগী শ্লোক অসি ফংই, মদুদি :—

"মেলঃ স্বর সমুহঃ স্যাদ্রাগ ব্যঞ্জন শক্তিমান্"

হায়বদি—মেল অমসুং থাট হায়বসি স্বরগী নিংথিরবা রচনা অমনি, মদুদগী রাগ হায়বা অসি পোকই। থাটকী মরমদা ঐখোয়না খংগদবা খর লৈ, মদুদি :—

১। থাট হায়বা অসি মতম পূম্নমক্তা স্বর তরেৎনা ওইগনি।

২। হায়রিবা স্বর তরেৎমক অত্রু মথং মনাও নাইনা সা রি গা মা পা ধা নি হায়বা মওং অসিগুন্না ওইগনি।

৩। থাটকী মওংদা আরোহ অবরোহ অনিমক লৈগদবা নত্তে, আরোহদমক লৈগনি।

৪। থাটকী মওং চেক তাবদা ঈশৈগুন্না মীগী পুক্লিং য়ান্না পেল-হনগদবনি হায়বা লৈতে।

৫। থাট মশক খঙনবগীদমক মদুদগী মশক নাইবা রাগ অমা পুথোকই। হায়রিবা রাগ অদুদা সম্পূর্ণ ওইগনি হায়বা লৈতে।

৬। রি গা মা ধা নি হায়বা স্বর মঙা অসিনা শুদ্ধ অমসুং বিকৃত ওইহল্লগা থাট মখল মখল শেমই।

## থাটকী কাংলুপ

চৎনবগী মতুংইন্না থাটকী মশীং অসি তরা শুই। হায়খ্রিবা থাট তরা অসিবু কাংলুপ অহুম শোকনা অমুক থায়দোকই, মদুদি :—

(ক) অহানবা কাংলুপকী থাট অসিদনা শুদ্ধ র, গ, ধ অসি য়াওবা, মদুদগী কল্যান, বিলাবল অমসুং খমাজ অসিন-চিংবা রাগ থোকই।

(খ) অনিশুবা কাংলুপকী মনুংদনা র কোমল অমসুং গ, ন, শুদ্ধ ওইবা মদুদগী ভৈরব, পূর্ব্বী, মারবা অসিনচিংবা রাগ পোকই।

(গ) অহুমশুবা কাংলুপ অসিদনা গ, ন, কোমল য়াওই—মদুদগী কাফী, ভৈরবী, আসাবরী, তোড়ী অসিনচিংবা রাগ পোকই।

# থাটকী মশীং

## ১। শুদ্ধ বিলাবল থাট

স র গ ম প ধ ন স'।

মথক্তা উৎলিবা স্বর অসি ঐখোয়না শীজিন্নখিবা শুদ্ধ সপ্তক অ৬নি। মসিবু শুদ্ধ থাট অমদি মসিদগী "বিলাবল" হায়বা রাগ অদু পোকই হায়দুনা বিলাবল থাট হায়না কৌই।

## ২। য়মন্ থাট

স র গ র্ম প ধ ন স'।

মগক্তা উৎলিবা স্বর সপ্তক অসিদা তিব্রমধ্যম য়াওই, অদুগা অতৈনা শুদ্ধ স্বর ভাক্তনি। মসিদগী য়মন্ হায়বা রাগ থোকই হায়দুনা মসিবু য়মন্ থাট কৌই।

## ৩। খমাজ থাট

স র গ ম প ধ ন স'

মথক্তা উৎলিবা স্বর কাংলুপ অসিদা কোমল নিষাদ য়াওই, অতৈনা শুদ্ধ স্বর ভাক্তনি। মসিদগী খমাজ হায়বা মমিং চৎলবা রাগ অদু পোকই, অদুনা মসিবু খমাজ থাট কৌই।

## ৪। ভৈরব থাট

স র গ ম প ধ ন স'।

মথক্তী সপ্তক অসিদমা র অমসুং ধ কোমল ওইরে। মসিদগী ভৈরব হায়বা রাগ অদু পোকই, অদুনা মসিবু ভৈরব থাট কৌই।

## ৫। পূর্ব্বী থাট

মথক্কী ভৈরব থাট অসিদ তীব্রমধ্যম হাপচিল্লবদি পূর্ব্বী থাট হেক্তা মওইরে। মতুদি স রৃ গ র্ম প ধৃ ন স' অসিনি। ভৈরব থাট অসি পূর্ব্বী থাট শেম্নবগীদমক পুথোক্লম্বা ওইনা তৌই।

## ৬। মারব্বা থাট

স রৃ গ র্ম প ধ ন স'।

মারবা থাট অসিদনা রৃ কোমল অমসুং তিব্রমধ্যম অদুগা শুদ্ধ ধেবত ওইর্হল্ল। মসিদগী মারব হাংবা রাগ অদু পোকই, অদুনা মসিবু মারবা থাট কৌই। মসিগী মনুংদা খণ্ডগদবা অমনা, থাট তরুক হাযখ্রিবা অসিগী মনুংদা অগানবা থাট অহুম অদুদি র, ধ অসি শুদ্ধনি অদুগা গান্ধার অসিনা অমদসু অমদসু তিব্র ওইনা অদুম্মক লৈ হাযবা অসি খণ্ডউ।

## ৭। কাফী থাট

স র গৃ ম প ধ নৃ স'।

মথক্তা উংলিবা স্বর কাংলুপ অসিদা গৃ অমসুং নৃ কোমলনি। মসিদগী কাফী হায়বা রাগ অদু থোকই অদুনা মসিবু কাফী থাট কৌই।

## ৮। আসাবরী থাট

স র গৃ ম প ধৃ নৃ স'

কাফী থাট অসিদগী আসাবরী থাট অসিনা ধৈবতক্তা কোমল ওইনা অসিগনি খেন্নবা। মসিদগী আসাবরী হায়বা রাগ অদু

পোকই, অদুনা মসিবু আসাবরী থাট হায়না কৌই। (কনাগুম্বনা থাট অসিবু ভৈরবী থাটকী মনুং চল্লি হায়বস্তু য়াওই, তৌই-গুম্বসুং মত নত্তে, থাট অনি অসি য়াম্না খেন্নতল্লি)।

## ৯। ভৈরবী থাট

স ঋ গ ম প ধ ন স'।

অদুগা অমুক্না য়েংউ মদুদি—মথক্তা উংলিবা স্বর অসিদনা আসাবরী থাটতগী রিষভ অসি কোমল ওইরে। মসিদগী ভৈরবী হায়বা রাগ অদু পোকতল্লি অদুনা মসিবু ভৈরবী থাট কৌই।

## ১০। তোড়ী থাট

স ঋ গ র্ম প ধ ন স'।

থাট অসিদনা ঋ গ ধ কোমল ওইরে অদুগা র্ম, ন, অসিনা তিব্র ওইরে। অসিদগী তোড়ী হায়বা রাগ অদু পোকই। অদুনা মসিবু তোড়ী থাট হায়ন কৌই।

---

# বর্ণ, অলঙ্কার অমসুং রাগ জাতি

ঈশৈ অমা শকপদা উংলিবা অমসুং তৌরিবা পুম্নমক অদুবু বর্ণ কৌই। বর্ণ হায়বসি মখল মরি শুই, মদুদি—১। স্থায়ী বর্ণ ২। আরোহী বর্ণ ৩। অবরোহী বর্ণ ৪। সঞ্চারী বর্ণ।

১। **স্থায়ী বর্ণ**—স্বর অমবু মফম অমদা হন্না হন্না হায়ববু স্থায়ী বর্ণ কৌই, মদুদি—সসস, ররর, গগগ।

২। **আরোহী বর্ণ** স্বরনা মথং মথং ঈশৈ শকপদা ৱাং-থংলকপা অদুবু আরোহী বর্ণ কৌই, মদুদি--স র গ ম প ধ ন অসিনি।

৩। **অবরোহী বর্ণ**—ঈশৈ শকপদা স্বরনা মথং মথং অস্থুম নেমথরকপা অদুবু অবরোহী বর্ণ কৌই, মদুদি—স' ন ধ প ম গ র স।

৪। **সঞ্চারী বর্ণ**—মথক্তা হায়খ্রিবা বর্ণ অহুম অসিবু পূর্ন্না তোৎনদুনা ঈশৈ শকপদা উৎপবু সঞ্চারী বর্ণ কৌই। অস্থুম তৌনা মথক্তা হায়খ্রিবা বর্ণ মরি অসি ঈশৈ শকপা মতমদা উৎলি অমস্থুং উবা ফংই।

ঈশৈ শকপগী অলঙ্কার হায়বা অমস্থু লৈ। অলঙ্কার হায়বদি লৈতেংবু অলঙ্কার কৌই। বর্ণ অমস্থুং অলঙ্কার অনি অসি মম্নুংদা অমত্তা ওইনা লৈ, অলঙ্কারগী মন্নুংদা বর্ণ মরিমক য়াওই। মদুগী থুদম ওইনা—স র গ স, র গ ম র, গ ম প গ, ম প গ ম, ম প গ ম। অস্থুম তৌনা স্বর কয়ামুক অসি থুগাইদুনা অলঙ্কার কয়ামুক শেমই, মসি য়াওদ্রগা ঈশৈ শকপা ফজদে।

## রাগগী মরমদা মথাগী ৱাহৈ থর অসি থগউ।

১। রাগ হায়বসি করিগুম্বা থাট অমদগী থোক্কদবনি।

২। খোম্থোক থরগী ফজরবা রচনা অমনি।

৩। মদুদা ৱাহৈ অমস্থুং স্বর য়াওই।

৪। ফজবা অমস্থুং পুক্লিং পেম্নবগী মশকনি।

৫। রাগদা স্বর মণ্ডাদগী তানা কৈদৌঙৈদস্থু ওইবা য়াদে।

৬। রাগদা আরোহ, অবরোহ লৈগনি, মদু নত্রবদি রাগ মশক খণ্ডবা ভমদে।

৭। করিগুম্বা রাগ অমদা ষড়জ (সা) স্বর অসি থাদোকপা য়াদে।

৮। মধ্যম অমসুং পঞ্চম অনিমক পূর্ন্না বর্জ্জিত ওইবা য়াদে।

৯। রাগদা বাদি স্বর অমসুং সম্বাদি স্বর শোয়দনা লৈগনি। স্বর অনি অসিদা থোইদোক্লা অকনবা পীদুনা ঈশৈ শক্লে।

---

# রাগ জাতি

মথক্তা হায়খ্রে মদুদি—থাটতগী রাগ পোকই হায়না, থাটকীদি স্বর ৭ (তরেৎ) ওইগনি হায়খি, মদু রাগদদি নত্তে। থাট অদুদা য়াওরিবা স্বর অদু খন্দোক-খঞ্জিন, হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা স্বর রচনা তৌরগা রাগ অদু ওইরকই। অসুম তৌনা স্বরগী মশীং উংলিবা অদুগী মতুং ইন্দুনা রাগশিং অসি অহুম থোক্লা খায়দোকলমই, মদুদি ঔড়ব্, ষাড়ব্ অমসুং সম্পূর্ণ অসিনি।

১। **ঔড়ব্ জাতি**— করিগুম্বা থাট অমদগী স্বর অনি লৌথোক্লগা লেমহৌবা স্বর মঙা অদুনা শেম্বা রাগ অদুবু "ঔড়ব্" জাৎকী রাগ কৌই। মসিদা নিংশিংগদবদি সা স্বর অসি কৈদৌ-ভৈদসু থন্দোকপা য়াদে।

২। অসুম তৌদুনা স্বর অমা লৌথোক্লগা শেম্বা অদুবুদা "ষাড়ব্" জাৎকী রাগ কৌই।

৩। অদুগা স্বর তরেৎমক শুনা চংদুনা শেম্বা রাগ অদুবুনা "সম্পূর্ণ" জাৎকী রাগ কৌই। মসিগী মনুংদা আরোহদা স্বর ৫ ওইরগা অবরোহদা ৬ ওইবা, অমুক ৬—৭ ওইবা, ৭—৫ ওইবা, ৬—৫ অসুম্না ওইবা য়াওই, অদুনা মথক্তা হায়খ্রিবা জাতি খুদিংমক অসিগী উপজাতি অহুম অহুম অমুক পুথোকই. মদুদি—মখাগী নক্সাদা উৎলি—




অসুম তৌদুনা জাতি অমনা উপজাতি অহুম অহুম পুথোক্লগা পূল্লা উপজাতি মাপল পুথোকই। মদুগী অকুপ্পা বিবরণ মখাদা উৎলি :—

১। অদুগুম্বা রাগ অদুনা আরোহদা স্বর তরেৎ অমসুং অবরোহদসু স্বর তরেৎ শুবা রাগ অদুবু সম্পূর্ণ-সম্পূর্ণ রাগ কৌই।

২। আরোহদা স্বর তরেৎ অদুগা অবরোহদা তরুক শুবা রাগ অদুবু সম্পূর্ণ-ষাড়ব্ রাগ কৌই।

৩। আরোহদা স্বর তরেৎ, অদুগা অবরোহদা স্বর মঙা শুবা অদুবু সম্পূর্ণ-ঔড়ব্ রাগ কৌই।

৪। ষাড়ব্-সম্পূর্ণ আরোহদা স্বর তরুক অমসুং অবরোহদা স্বর তরেৎ লৈববু কৌই।

৫। ষাড়ব-ষাড়ব —আরোহদা স্বর ৬ অবরোহদসু স্বর ৬ লৈববু কৌই।

৬। ষাড়ব্-ঔড়ব্ —আরোহদা ৬, অবরোহদা ৫ লৈগনি।

৭। ঔড়ব্-সম্পূর্ণ—আরোহদা ৫, অবরোহদা ৭ লৈগনি।

৮। ঔড়ব্-ষাড়ব্- আরোহদা ৫, অবরোহদা ৬ লৈগনি।

৯। ঔড়ব্-ঔড়ব্—আরোহদা ৫, অবরোহদা ৫ লৈগনি।

মথক্তা হায়খিবা অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলে; মদুদি—রাগগী জাতি অমসুং উপজাতি পুম্না জাৎ ১২ শুখ্রে।

---

